# गोविन्द निर्पण-श्रीश्रीगोविन्द रास

# গোবিন্দ নির্প ণ-শ্রীশ্রীগোবিন্দ রাস

( হিন্দি অমস্তুং ) মণিপুরিদা ফোংজবা




ইথোকচবা :—

শ্রীপুখ্রম্বম মেরা সিংহ, কবিরাজ

অয়ুর্ব্বেদ ভূষন, সংচিবেদ বিসারদ আয়ুর্বেদ

অচার্য্যা মণিপুর অয়ুর্ব্বেদিক সম্মেলন

প্রেসিডেণ্ট

# গোবিন্দ নির্গন

শ্রীশ্রীগোবিন্দ রাস

---

লাইরিক অসিগী মনিপুরী শরুক

# ৱাহৌদোক

শ্রীশ্রীগোবিন্দজিউগী ইবা লাইরিক অসি পাঙম্বম পুরান্দগী সনা কোন্নুংদা মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রদা করোরনা লীখিবা ৱারিনি, পাঙম্বম পুবেন মচিন মনাও অনিখক লৈরমই, অমনা থম্বৌ কৌই অমনা চাওতোন কৌই, চাওতোন্না পুনসি চেংজেল লোইরমদাইদা মনাওনুপা থম্বৌ কৌশিল্লগা মহাক্না উবা পুম্নমক তমলে অমসুং মহাক্না মতম লোইরে হায়না হায়রমলগা খুদক্তা অবোইবা য়াহিপ তানখ্রে। মনাওনুপ থম্বৌনা ইবা পুরান্নি অমনা মতম অতুগী পণ্ডিৎ লুখোই থোংবা হিমাইবা অমসুং ৱাঙোই খেমা উমা, করোব অমী অসি পাঙম্বম ডাক্তনি, পণ্ডিৎ ময়াম তান্নরগা ইবা পুরান লাইবিকনি। ইবদি সনা কোনুংদা ইখিবনি ইবা লোইবগা করোবনা মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রদা কৎসনখ্রে, লাংথবান কোনুংদনি অমনা পাঙম্বমগী পুবান্নী অমনা গোবিন্দগী পুরান্নী, লাইরিক মচা অসি ঐহাকনা অখঙ অহৈ শাদুনা ইজবা নৎচদে মথক্তা হায়খ্রিবা পুয়াশিংদগী ইথোকচবনি।

কবিরাজ :—

শ্রীপুঙম্বম মেরা সিংহ

আয়ুর্ব্বেদ ভূষন, সুচিবেদ বিশারদ আয়ুর্বেদ আচার্য্য

মনিপুর আয়ুর্ব্বেদিক সম্মেলন

প্রেসিডেন্ট।

# হিরম পরেং

১৬। পুং পুথোকথিবা পুং য়েবগী রারী ।

১৭। গোরতান, কোয়েৎ পুর্থোকখিবগী রারী ।

১৮। মন্দিলা পুথোকথিবগী রারী ।

১৯। পুং য়েবা, ঈশৈ শকপশিংগী মমিং ।

২০। পাণ্ডবমগী পুরানগী রারী, গোবিন্দ পুরানগী রারী ।

২১। দশ অবতার জয়দেবকী ঈশৈগী মরমদা ইবা ।

২২। রাধা পোকপগী নারদদা কৃষ্ণনা লীবা রারী ।

২৩। যমুনাদগী বৃষভানুনা থম্বাল অমা ফংবদগী থম্বাল মনুংদা য়াম্না ফজববী হুপীমচা অমা থেংনবগী রারী ।

২৪। রমানন্দনা যমুনা মপান্দা শ্রীগৌরাঙ্গদা রাধা পোকপগী লিখিবা রাবী ।

২৫। মীওইবগী থবায় লৈকম তাকপা ।

২৬। পঞ্চভূতকী মরমদা তাকপা রারী ।

২৭। রাধাশি অশেংবা প্রকৃতিনি জগৎকী গুরুনি হায়বগী মরমদা ইবা ।

২৮। মমা-মপাগী মগুণ ইবা রারী ।

২৯। কাইনা থোনখিবগী রারী ।

৩০। ভাষমখ্র গীরী থোনখিবগী রারী

৩১। হৈজগাং থোনখিবগী রারী ।



# প্রার্থনা

হে কৃষ্ণ জীবা পুন্নসক্কী চংজফম অমসুং ভুংনফম ওইবা মায়াগী গুণ য়াওদবা অংপপা। পুকচেল্লা নহাক্কী ওইবা শ্রীরাধীকাগী চান্নখোইবা ইবুঙো নহ কপু হে গোবিন্দ। ননাইনা হন্না-হন্না খুৎমজনি।

# রাহৈ খরদং

শ্রীপুরুষম মেরা সিংহ অয়ব্বে'দ অচায়না ইবা শ্রীগোবিন্দজীগী, মবমদা পাজরে, খুংই অসি উবদা আয়ুর্ব্বেদগী থবক থৌরমদা, জাতিগী সেবা তৌবদা মতুনা সাহিত্যগী লমদম্ব পুক্লিং থিংজি-নবীবগী মওং ওইনা খোঙদাবিরক্লি । অহিৰা হাপি হ খোং থিরগা অনৌবা লোন্দা পুযাগী মচাক কয়া হাপপগা লে যননা মসিনা জাতিগী সাহিত্যগী লৈকোন্দা অচৌবা মতেং অমা পাংলে। হায়না হায়জনিংঙি ।

শ্রীরাজকুমার প্রিয়গোপাল সনা এক্স প্রিন্সিপাল
জাওহরলাল নেহরু ডান্স একাডেমি, ইম্ফাল
ফাস্ট গ্রেটমাস্টার নোর্টইস্টর্ন
জোন দুরদর্শন ইণ্ডিয়া ।

# কুম্বাবা পুয়া

অহল লমন লিখুন

মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ শোক (১৬৫৪ খৃঃ ১৭২৯) দা পোকই, মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌগী মিং (৬) থোক্লা লৈ।

১) জয়সিংহ।

২) কর্ত্তা।

৩) চিংথংখোম্বা।

৪) চিংদ্রেন নোংদ্রেনখোম্বা।

৫) ভগ্যচন্দ্র।

৬) মহারাজ মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র।

জয়সিংহ, হায়বদি থবকপু ঙম্বা মপু হায়বনি। কর্ত্তা, হায়বদি থবক্কী মপু হায়বনি। চীংথংখোম্বা, হায়বদি চীং-তম অনিবু খোমজন্দুনা পুনবগী মপু হায়বনি।

চীংদ্রেন নোংদ্রেন খোম্বা, হায়বদি হাওফী অমুবা শেত্তুনা নোংথৈ পরেংবু শীজিন্নগা ফীমু শেংপা হাওযামবু লোইবী চীংথক্তা হোইদুনা পুবকপদা মুংশিংনা নোং হুমদুনা পুবা মাল্লি হায়না চীংদ্রেন নোংদ্রেন খোম্বা হায়না থোনখি। ভাগ্যচন্দ্র, হায়বদি থাগুম্না ঙানবা লাইবক ফবা হায়বনি।

রাজর্ষি মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র, হায়বদি বামোন কোকলৈবু মনাই খরনা মাবু হাংখিবদা মহাক্কী ঈনা লৈবাক্তা তবা উবদা

মনাই ময়াম কৌশিল্লগা ব্রাহ্মণগী ঈনা লৈবাক্তা তাপ্পবনিনা ঐ মনিপুরদা নিংথৌ ওইররোই মজা ইবুংঙো লাবন্যাচন্দ্রদা খৃ: ১৭৯৮ দা মনিপুরগী লৈবাক ঙাকপগী খবক পুম্নমক শিন্নরগা গোবিন্দগী মমাংদা মথুং থাঙ্গত্তুনা জগোই শারম্বগা ওন-থোইনা রুপচখি মতাং অসিদা কৌখিবা মম্রিংনি।

অহল-লমনগী লিখুনগী ৱারীদা মিং ৪ দম্ব থেংনৈ। মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনা পোকপদগী চহি ২৫ শুবদা নিংথৌ ওই, নিংথৌ ওইরবা মতুং চহি ১০ শুবদা তেখাওদা অহিংগী তাংলৌ থেংলবদা মণ্ডলান্দা উখিবা শ্রীগোবিন্দজিউগী নীংথিজরবা অতিয়াগী হৌরকপা নোংহৌ ঙমজবা শংবানবা, শাথেক অহুম থেকপা খুত্তা মূরলী বাঁসী পাইবা চুড়ানা লৈতেংবা স্নাগী কজেংলৈনা লাইবক অকোইবদা মকুপ—মকুপ ইরং—ইবং লংনা তাবা ধোরানা লৈতেংবা স্না ফিগে থোনবা নটবরবেষ থোনবা নৌহৌননা লংথবানগী লোইবী চীংথক্তা অহিংগী মংলান্দা অমুকস্তু হৃন্না উরক্লে। ইনুং ঙানবগা নিংথৌনা খোমলেন মংলান অদু নিংশিংদুনা মনাই ময়াম কৌশিল্লে, ঐনা তেখাওদা মণ্ডলান্দ উখিবা ইবুংঙো মান। ঐঙোন্দ নীংশিংবীবম্মী "ঐ কাইনদা থৈবোং ওইনা হৌরমগে নংনা ঐবু য়াল্লগা ঐগী মূর্ত্তী অসি লীংখৎলকউ অমস্তুং মংলান্দা উখিবা ঐগী মূর্ত্তি অদুগা চপ মান্নহল্লু" হায়না ইবুংঙোনা তাকপীরম্বা অদু কাইনদা হৌব্রা—হৌদব্রা য়েংঙুনবা ঙাংবম রুপচন্দ্রদা য়াথং পীখ্রে। রুপনা লাংগোই শগোল তোংদুনা কাইনদা তাম্না চংখ্রে। কাইনা য়োরে কাইনাগী চীংগী থেল অমদা থৈবোং অহুম ফুংগা মুংদুম শানা হৌরমলে।

নোংচূপ থংবা থৈবোংদি অঙকপা ফংনা চাওথ্রে। চীংথৈদা হৌবা থৈবোংদি ইতেন তেল্লি বাংদে, মতোনসু থরছুইথৈ। ককচীং মাইরমদা হৌবা থৈবোংদি পীকই। মতু উবদা রুপনা নোংচুপকী থৈবোং অতু কোল্লগা কপচখি। মহাক্না কনা—কনা লৈবাগ হায়তুনা য়েংলকপদা অহল অমা থোরকই। অহলতুনা হাইরকই, "মহাক্না থৈবোং অতু কোল্লগা কপ্লিবা করিগীনো"? রুপনা খুমুকই, "ঐ মা কোনুংদগী মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা কাইনাদা থৈবোং হৌরা হৌদবা য়েংঙুচো হায়তুনা লাকপনি। ভাগ্যচন্দ্রগী মমঙদা নির্পন তৌরকউ হায়রম্মী অতুনা থৈবোং অসি হৌরা য়েংগে লাকপনি। থৈবোং অসি হৌরম্বদা ঐনা কোন্দুনা কপচবনি। রুপনা হংলকই, নং নমিং করি কৌই, লম অসিদা লৈরা? অহল অতুনা খুমুকই ঐগী মীংদি করোর কৌই, পাঙ্গম্বননি, ঐ লমশিদগীনী। হৌরিবা থৈবোং অসি ঐখোয়গী ইবুধৌ পুরেনশিংগী ফুঙ্গা লাইরুদা হৌরকপা থৈবোংনি। মতু তাবদা ফরে অতুদি সনা কোনুং তান্না লেংলসি। রুপনা কবোরবু পুতুনা সনা কোনুং তান্না পুরক্লে। রুপ অমসুং করোর চংলক্তুনা নিংথৌ মাঙদা লেপ্লরে। ভাগ্যচন্দ্রবু উবমক্তদা করোরনা মখোঙ শোক্না খুরুমজখি। ভাগ্যচন্দ্রনা হংখি নমিং করি কৌই? অহল অতুনা খুমখি শ্রীযুৎ ইবুংঙো ঐ কাইনা খুলদা লৈজবনি। ইবুংঙোনা গোবিন্দ নির্পন তৌবিগনি হায়বা থৈবোং পাম্বী অতুদি লাই ওইরবা থৈবোংনি। থৈবোংগী ৱারী য়াম্না চাওনা লৈ। ফরে অতু ওইরবদি থৈবোং হৌখিবগী ৱারী অতু লীরকউ।

করোরনা জয়সিংহ মহারাজদা হঙ্গৎলকই মৈদিংঙু তূবী চরাই-রোংবগী হাক্তক্তা হৌবা থৈবোংনি । অদুগা ইবুধো পুরেল মচিন মনাও অনিখক লৈরম্মী । অমনা থম্বৌ কৌই অমনা চাওতোন কৌই । ইবুধো থম্বৌ অসিদি মচা মশু শান্দাক্লা পোকই । পুরেন চাওতোনদি মচা লৈখিদে । ভাগ্যচন্দ্রনা হংলকই, "নখোয়গী য়ুম্নাক্তি করিনো" ? শ্রীযুৎ ইবুংঙো পাম্বনি । চহি মবিফুতরা (৯০) শুম্বা শুরকপদা ইবুধো চাউতোন্না নোংমা ঐখোয়গী ইবেন-ধৌদা হায়রকই, নংগা ঐগা ইচা ধাবা অমত্তা পান্দা গুরু অহুম্বু হায়বদি মঙাং, লুরাং, খুমন, অমদি ঐখোনবু পোকপা ইনা-ইপুশিং অমক্তং খুরুমথোক্লমসি হায়তুনা হায়রকই । ইবেনধৌনা হায়রকই ফরে খুরুমথোকসি ঐস্তু য়াজরে । অদু ওইরবদি তবেংকা শেল য়াম্খে অসি পুরো মমলদি ঙাংনরুনু হৈজিং নংনা পাম্বা অমা খল্লগা হেক্তা লৈয়ু মমল ঙাংনরুগনু । ফাং হায়তুনা ইবেনধৌনা য়াইরিপোক কৈথেল তম্না পোইরৈ খোঙজিললোমদা লাকপদা লম্বীদা হাওনবী অমনা সম অমদা থৈবোং অমা হাপ্লগা পুতুনা লাক্লম্মী । মপুদা ইবেনধৌ থোপীনা য়েংনরে । ইবেনধৌনা হাওনবীতুদা হংখি, ইচল নহাক্লা পুবিবতু করিনো ? হাওনবীনা ইমা থৈবোংনিনে হায়না খুম্নকই । অদুদি শেল কযা লৌগনি ঐহাক লৈজরগে । ইমা শেল য়াম্খে লৌগনি অদুদি সমদগীতু লৌথোক্তুনা য়েংশি হায়তুনা লা অমা থারগা থৈবোংতু থাংথর-কই । থৈবোংতু হেক উবদা মতুগী ফজবা মওং অদু উবদা ইবেনধৌসি তুশখ্যাও চংই । ইবেনধৌনা হাওনবীদা হংই নং করি লমদা পানবনো ইচল ? ঐ মরিং চীংদা পানবনি, ঐ

রিংনি । পাখী অমদা থৈবোং অসিমতা মপাল্লি ইমা। ইবেনধৌনা াওন বীদা হায়খি, ফরে অদু ওইরবদি থৈবোং অসি লোকথেন তান্না ধনবিরো শেনজা কয়া লৌগনি ? ইমা ঐ শেল তরামগু লৌগনি। াদুদি চৎলসি হায়দুনা মখোয় অনি অদু লাকমিন্নরে, য়ুম ঘারে । থৈবোং অদু লা-লাতোন অমদা হাপ্রগা ইবুধৌগী াঙ্গোলদা থম্ম । ইবেনধৌনা ইমুংদগী তবেংকী শেল তবামগু লাকখিগে শিদা ভাইহক্তং ফমলম্ম হায়রগা চংলকই । ইবেন-ধৌনা ইবুধৌদা শেল তরামগুদা পীবীয় হৈজিং অদু পুজরক্লে াযজখি ইবুধৌনা ইবেনধৌদা শেল তবামগু অদু পীবে। ইবেনধৌনা শেলদু পীগে হায়দুনা মপান্দা থোক্লকপদা হাওন বী অদু লৈর-মদ্রে। হা। ইচল হায়দুনা য়েনখাদা কোয়থী থিবদা খিবা ফ শিদ্রে। ইবেনধৌনা ইমুংদা অমুক চংলক্লগা ইবুধৌদা তম্মী "শেল লৌবখিগে ফম্লম্ম হাযবম্বনি অদুবু লৈরমদ্রে"। ইবুধৌ অদুনা মপান্দা হেক থোক্লবপদা মালেমথক্তা লা-লাতোন অমদা হাপ্রগা কোংবৌনদি থোবকপা মতম ওইবনে, কোরৌ মশেক্লা থৈবোং অদুদা যৈবদা পুম্নং লংনা উগ্রে। মহাক্কী মমী অদু কোইরক কোইনা মুশিল মনা মালেমদা তাবদু ইবুধৌনা উখি । মতমদুদা ইবুধৌ মত চংখি। মপান্দা থোক্লক্লগা থৈবোং অদুবু খুংনা শোক্লগা লাইবক অহমলক কদুনা কপচখি । অদুগা ইবুধৌনা থৈবোং অত্ত ইমুংদা থাংজিল্লক্লগা রায় নিংথিনা তৈ-থোক্লগা মালেমথক্তা থমজবি । ফুঙ্গা লাইক্লদা খুবোম্ন অমা নুনা তৌরগা থাকন থনগংলে, ধুপ-থাওমৈ কংলে, থৈবোং অদু

ময়াইদা খায়দোক্লবদা মরু অমতা মপাল্লমী, ইবুংঙো মাগী নোংদমদগী থাংনা খায়বদা মরু অদু শোকখিদে। থৈবোং অদু অমুক খুমজিল্লে লং অহিংবা লংলম তরেৎনা পুনশিল্লে অদুগা কোমতুগী মমুংদা থাদরে। লৈবাক খোৎচিল্লে অদুগা ইবুধৌনা স্না-লুপা কোনয়াই হুল্লে। গুরু অহুম্বু পুজা তৌদুনা খুরুমলে। হন্দকমক্কী মপোক্তা মচা ধংজদবদুগী মুংঙাইতবদু পীরাং পীরোইননা গুরু অহুমদা খুরুমজখি। ভাগ্যচন্দ্রনা হায়রকই, করোর মথাদি কমদোরে? করোয়না খুমজরকই, শ্রীযুৎ ইবুংঙো লোইদাম থাজ মঙা গুরকপদা থৈবোং অদু যুঙ্গা লাইরুদা পাম্বী অহুম হৌগৎলক্লে। চীংথৈ পাংবা থৈবাং অদু পীকই, মোইরাং লাইজিদা হৌবনা য়াম্না চাওই অদুগা ককচিং মাইরমদা হৌবা থৈবোং অসিমনা থরা হেন্না পীকই। নোংমা নোংমগী অহুম চাওখৎলকপনা লোইদাম থাজ তরানিথোই (১২) ফারকপদা ইধৌনা অহিং অথেংবদা মীকপ থোক্তুনা মপান থোক্লে তৌবদা মোইরাং লাইজিদা হৌরিবা থৈবোং অদুদা অচৌবা লীল অমা য়েৎলগা মতোরা খন্দুনা লৈবম্মী। ইধৌনা ফুক হৌগৎ-লকপদা লীল অদু নোংচুপ পাংনা চেনশিনল্লে। অহুম তৌনা ২/৩ লক থেংনখি। ইধৌ অদু মুংঙাইত্রদুনা খুনদিন্নসি হায়দুনা পাজম্বম কাংবু য়াওনা খুনদিন্নে। ইধৌনা হায়খি, ঐখোয়গী লমসি লোকথেন হায়বসি ফজদ্রে অদুনা মমিং অমা থোল্লসি। ময়াম্না হায়রকই, ইধৌনা অপাম্বা মীং অদু পুথোকপীরকউ। ইধৌনা মীংশিংলকই অয়ুক অঙনবদা মহাক উবদা লীলদুনা

থৈবোং পাম্বীচুদগী কাইনচুনা নোংচুপ পাংনা চেনশিনখিবতু অমুক নোংহৌননা নীংশিংলকলে। অচুনা মহাক্না হায়রকই, খুল অসিগী মমিং "কাইনা" থোল্লসি মন্নাম য়্যানিংত্রা হংলকই। মন্নামমস্থু য়্যাজরে, য়্যাজরে হায়না হায়রমই। শ্রীযুৎ ইবুংঙোনা স্থমিংশিদগী হৌনা খুল অসি লোকথেন কৌরম্বা অচু কাইনা হায়না থোনখি।

ভাগ্যচন্দ্রনা রান্নী মথাদি কমদৌবা হায়না হংলম্মী। করোন্ননা থম্লকই, শ্রীযুৎ ইবুংঙো থৈবোং পাম্বী অচুম অসি নোংমা নোংমগী অস্থুম চাওশিল্লক্লনা য়ুম য়্যাংলেন ফাওগৎলক্লে। য়ুম অচু শীদোক্লনা থৈবোং পাম্বীগী থা থংবদা অমুক শারে। ভাগ্যচন্দ্রনা থৈবোং অচু করম্বা মতমদা হৌথিবনো হায়না হংলকই করোন্ননা হায়রকই মৈদিংঙু চরাইরোংবা মহারাজগী হাক্তক্নি। ভাগ্যচন্দ্রনা মথা অমুক চংথবিরা হায়রম্মী। করোন্ননা শ্রীযুৎ ইবুংঙো থৈবোং অচুনা শারেপ ফারকপা মতমদা নুপামচা অমা চংলক্লনা ইথৌ নখোয়গী চাক-কাক লৈত্রা? ঐ চাক লাম্বনা লোইরে লৈত্রগনা ঈশিং খজিক্তা থকচগে। ইথৌ অচুনা চাক্তি লৈত্রে হায়চুনা ঈশিং পীথকই। ইথৌনা হয়েংদি চাক চাকলুক অমা থাকলীরমগে ওস্তা লাকউ হায়খি। হনুবাগা হনুবীগনা নীংথিংজনা যতন তৌনা অঙাং অচুগী চাক থাকলম্মী। অঙাং অচুস্থু যথ শেনজ্রিঙৈদা ওস্তা লাকলম্মী। অচুগা ইথৌ ঐগী চাক থাকপিত্রা, থাকপীরবদি চাকয়োম ওইনা য়োমশিনবিরো হায়রকই। অহল অচুনা চাক অচু চাকয়োম

ওইনা যোমশিরগা অঙাং অসিদা পীরে, অদুগা করি লমদা লৈবনো হায়না ইধৌনা হংলম্মী । ঐদি মনিংগী মরিং খুল্লদগীনি হায়না খুম্মী । ঙাইহাক লৈরগা চাকয়োম পায়-দুনা চেনখ্রে । ইধৌনা অঙাং অদুগী মমা মপাগী মমিং হংবা নংদনা চেনখ্রে । ইধৌ অদুনা কন্না তান্নবদা যঞ্জেনহা ময়ামগী মরক্তা চেনশিনখ্রে অদুগা মফম খংদনা মাংথোকখ্রে । যঞ্জেনহা ময়াম অদুদা অঙাংদুবু হংবদা ঐখোয় খংদে অদুবূ মবক মরক্তা মশক খংদবা অঙাং অমদি হেক-হেক লাকই হায়না খুমলক্লে । ইধৌ অদু খঙদদুনা অদুম চংলক্লে । ইধৌ অদুনা থৌবোং অদু নীংথিজনা নুংতিগী পুজা তৌই । নোংমদি থৌবোং অদু পুজা তৌবা অয়ুক্তা খোল্লকপদা চয়োম পীখিবা অঙাং অদু থৌবোং মখোংদা লেপ্পুনা লৈবম্মী । ইধৌ অদুনা প্রপ-প্রপ চঙখিদুনা নহালমখৈ চয়োম লৌবা লাক্লু বদি করি-গীনো হায়না হংলম্মী । করিমতা হায়রমদনা অঙাং অদু থৌবোং-গী মরুমদা চংশিনখ্রে, মশক উবা ফংখিদ্রে । মশিগী রাবিসি তাবদা মৈদিংগু ভাগ্যচন্দ্রনা পীরাং শীন্নরকপনা মালেমথক্তা তাখি হিক হিক লাওনা কপচখি, অদুগা মথা চংথবীয়ু হায়-রম্মী । করোরনা মথা তারকই মতম খর লৈরগা ইবেনধৌ অদু নোংগা তানখ্রে । মহাক্না লোইরমদাইগী মতমদা ইধৌদা হায়জরকই, ইবুংঙো নহাক্না চানবীদুনা মনিপুরদা শ্রীগোবিন্দগী মূর্ত্তী উদনা নোংগা তমগদৌরে হায়না কল্লকপদা মমাঙদা শ্রীগোবিন্দনা মঙালগুম্না দর্শন পীবিখি ।

হনুবী অসি চেংজেন লোইখিদুনা হৌনবী থৌরম পুম্বা লোইশিনখ্রে। ইধৌ অদুসু মহাক্কী পুন্সি লোইশিল্লকপদা মনাও-নিপা থম্বৌদা থৈবোংশিগী মরিদা থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক ম্বারী শাবম্মী। থম্বৌনা কলম পাইদুনা ইধৌনা হায়বা পুম্নমক কোব্বা'ক্তো ইখি। ইধৌ চাওতোম্না পুন্সি চেংজেল লোইরমদাইদা অস্নুম্না তাকপিবম্মী, মতুদি শোয়দনা মনিপুবদা শ্রীগোবিন্দ কোবা অমা এনা শেমজরম্বা থৈবোং অসিদগী অবতাব তৌদুনা লৈগনি মহাক্কী অবোইবগী মতমদা মমঙদা গোবিন্দগী মুর্ত্তি উরম্মী, চাক চযোম পীয়. হায়দুনা লাক্লম্বা অঙাং অদু গোবিন্দগী মুর্ত্তি ওইনা উরে, থৈবোং পুজা তৌগে চৎলুবদা থৈবোং মকুমদা চংখিবা অঙাং অদুমক উবে। মমঙ অসিদা অঙাং অদুনা থৈবোং মপা চানা লেপলগা যুইনা হৌবা নোংহৌবু ঙমজবা কুচু, কোকথক্তা রাহোংগী চড়ানা থোনবা, স্না ফীগে থোনবা অদু মহাক্কী মঙ-লান্দা উহনবীরে। ইধৌনা পুনসি লোইবমদাইদা মনাওম্নুপা থম্বৌ কৌশিল্লগা মহাক্না উবা পুম্নমক তমলে অমসুং মহাক্কী মতম লোইরে হায়না তায়রমলগা খুদক্তা অবোইবা যাহিপ তানখ্রে। শিবুং ইবুংঙো, থৈবোং অসি ল্যাইওইরবা অমসুং য়ম্না লুবা থৈবোংনি হায়না হঙ্গৎচাখি। থৈবোংগী রারী তাবদা ভাগ্যচন্দ্রগী পুক্নিং ইনৌ নৌরম্মী অমসুং মতুংগী থৌদোক পুম্নমক করোরদা ইশ্নিন্নবা নিংথৌনা ম্যাথং পীখি।

ভাগ্যচন্দ্রনা মনাই পুম্বা কৌশিল্লে, আনন্তশাই পুন্সিবা মন্ত্রি, পণ্ডিৎ লুখোইচ, থোংবা হিমাইচা, বাংগোই খেমা অমসুং

উমা, তেখাওরোমদগী ভাগ্যচন্দ্রনা লোইনরকপা অতুগী মনুংদা মরুওইনা ভাসকরণ, অখামগী চাওবা দাস সিদান্ত, ঙাংবম রুপ খুম্বোং সিদান্ত অমসুং করোরনচিংবা মনাই লুচিংবমখে কৌশিল্লগা কাইনাদা চংনবা থৌবাং তৌরে, মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনা লাংগোই শগোল তোংলে আনন্তশাই পুন,সিবা মন্ত্রিসু শগোল তোংলে। করোরনা মাঙ থারতুনা ঙারিয়ান চীং তম্না লাক্লে অতুগা কাখৎ-লল্লগা পোইবৌ খোঙজিল য়েৌরে। কাইনা তম্না লাকপনা কাইনা য়েৌরে অমসুং থৈবোং হৌফম য়েৌরে। থৈবোং অতু কোল্লগা মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনা পীবাং পীরোইননা কপচখি, কৌশিল্লকই শাপমলক্ষনবু। লক্ষন্না থৈবোং পংম্বীতু পুজা তৌরে নিংথৌগী য়াথং ফংলবদা লক্ষন্না মী খবগা লোইনরগা শিংজং অমদি থৈবোংবু খুরুমলগা থৈবোং য়ানবা হৌরক্লে। শিংজংনা অমুক্তং থাবদা থৈবোংদগী ঈগা চপ মান্নবা মচুম (রক্ত) শুম্বা থোরক্লে। মতু উবদা ভাগ্যচন্দ্র অমদি মনাই পুন্নমক পুমঙক ঙকখ্রে। ভাগ্যচন্দ্রগী কোকথোল লৌথোক্লগা য়েৎচখি শ্রী গোবিন্দ কৌরগা কপচখি ! ভাসকরন্না ভাগ্যচন্দ্রদা হঙৎচরকই, মহারাজ কল্পীগনু। মহাক্না চংলক্লগা লৈপাক লৈতুম অতুমখক পায়রগা খুগাইরগা ঈ থোক্লিবা মফম অতুদা শোল্লগা তৈশিনবদা ঈ অতু খকখ্রে মতুগী তুংদা ভাসকরন্না ভাগ্যচন্দ্রদা হায়জরকই, থৈবোং অসি য়াল্লগুমসি ইকোয় কোয়না তৌথোক্লগা ফুক্লসি। মসিদা ভাগ্যচন্দ্রসু য়ারে, থৈবোং অতু ফুক্লে লৈমায়থক্তা থৈবোং অতু নোংচুপ পাংনা তুরে। ভাগ্যচন্দ্রনা থৈবোংতু কজনা ফুক্লকপদা

মহাক্কী নীংজব। অহু থুংবা কান্দুদা মনাই ময়াম অহু কৌশিল্লগা লমদম অসিবু ভাসকবন্দগী সবদ লৌবগা ভাসমুক গীরী হায়না থোল্লে। মুমিৎনা থানা লৈরিমখৈ কাওদ পরৈ লাক্লা লৈহৌবসনু হাযনা হায়রগা ভাসকরনবু মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনা চেৎনা কোনবিখি— থৈবোং অহু যুকখিবা মফম অহু ইবেনজনা লৈপাক্লা খোৎচিল্লগা ফুমজিল্লে। থৈবোং অহু মশা মরেং কক্রে, উকক অহুম ধোকনা কক্রে মহু পুবা যানবা কাংকোৎ অহুম ধোক্লা শাবে। লম অহুদা লৈবা ইবে ই অহুম নেক্লনা থৈবোং মককশিংহু ঈবিল তুরেল মপাল তান্না চিংলে, ইবিল তুবেল যৌবগা উঙাম শাবে, মনাই ময়াম্না উঙামদা উককশিং অহু হাপলগা ইরিল তুরেন্দা চিংলক্লে। থৈবোং চিংলকপদা পুং ঝান যাওনা ভাসকবন্না মোইবুংসু খোংখি। ভাগ্য-চন্দ্রনা শগে লদা লেঙখৎতুনা থৈবোংগী তুং ইল্লকই। অসুম অসুম চিংলকপনা লিলোং য়োবমদাইদা উঙামদগী হৈদোক্তুনা উককশিংহু লুপলে, ময়াম্না উককশিংহু উঙামদা অমুক হাপ্রে, ভাসকরন্না আরতি কৎলে। মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনা লমদম অহুগী মমিংবু উ-লুপপী হাযহুনা উকপ হাযনসু মিংথোললে অমসুং আরাতী কৎলি হায়হুনা আরাপ্তী হায়হুনা মিংথোললে। থৈবোং অসুম চিংলকপনা ইম্ফাল তুরেল ইরোং অহুম য়োবে। লৈশাং হিদেন্দা ময়াম চংহুনা উককশিংহু চিংখৎলে। লৈশাং হিদেন্দগী অসুম চিংলকপনা লংথবান মপা য়োবে। মোইবুং পুং ঝানগী মখোল তাবদা প্রজা ময়াম্না মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনা নিপ'ন তৌগনি হায়বা থৈবোংহু পুরক্লে হায়হুনা রা-রা লাউনখি। ময়াম্না লৈ-গুনর্চিংবা, নোঙ্গ্রাংহৈ, হৈরিৎন-চিংব। মপোৎ মপোৎ পুরক্তুনা উককশিংহুদা কৎলি!

ভাগ্যচন্দ্রনা অসুম লেপতুনা য়েংলম্বদগী হৈ-লৈ অতুদা উককশিংতু প্রোক-প্রোক চিংখৎলকপদা লমদম অতুগী মমিংবু "হৈজগাং" হায়না মিং থোললে। ইবেম্মচা পুম্ভি মপান তাম্না উককতু চিংশিললে, চিংখোংদা উকক অতু থমলে। স্না কোনুং তম্না ময়াম পুম্নমক লেঙখৎলক্লে। ভাগ্যচন্দ্রনা শাপম লক্ষন্দা গোবিন্দ নিপ´ন তৌনবা শিন্নখ্রে, মন্নাই ময়াম চঙতুনা শঙ শাখ্রে। শাপম লক্ষন্না উকক অমা মফম খংদনা মরুলোমদা ককথৎপুবে, শাবস্থ খরা হৌরুবে। ভাগ্যচন্দ্রনা লেঙখোরকতুনা নত্তে-নত্তে লক্ষন ঐগী মঙলান্দা লেঙলক্লম্বা ইবুংঙো অতুদি অসুক নিনগদবনি হায়না চৈদা মবেপ তমতুনা পীখ্রে। অহানবা উককতু থমলগা উকক অমা পাদমতুদা তমতুনা কক্লে। উকক অতুনা গোবিন্দ শারক্লে, শাবা লোয়বকতুনা ভাগ্যচন্দ্রনা লেঙথোক্লগা মূর্ত্তীতুবু যেংখি। নিনবস্থু মান্নবে শাথেক্ত। খিত্তং থেন্নবে হায়না ভাগ্যচন্দ্রনা হায়রকই। গোবিন্দ অমস্থু অমুক নিপ´ন তৌতুনা শাপম লক্ষন্না শাবকলে। শাথেক্তু চন্নরে, ভাগ্যচন্দ্রগী মঙলান্দা উরম্বতুগা চপ মান্নরে। অহানবা শাবতুনা "গোপিনাথ" হায়না মিংথোল্লে। অনিশুবন্না "গোবিন্দ" মিংথোল্লে। ভাগ্যচন্দ্রনা লক্ষন্দা য়েংলগা হায়রকই, উকক অসিস্থু নিপ´ন তৌথোক্লসি। হন্দক্কী অশাবা অসিনা "মদনমোহন" হায়না মিংথোল্লে। অমনা "নিত্যাইনন্দ" ওইনা নিপ´ন তৌরে। খর লেমহৌবা অতেনবা উকক অতুনা "অদ্বৈত" হায়না নিপ´ন তৌরে। অকোনবা উকক অতুমস্থু নিপ´ন তৌরে, মসিগী মমিংবু হৌবা অমদি অরোইবদা শাই হায়তুনা বীজয়গোবিন্দ হায়না মিংথোল্লে। লাই তরুক (৬) অসিগী মূর্ত্তি শাবা লোই-

ৰবদা ভাগ্যচন্দ্রনা গোবিন্দ খুরুম্নগা হায়জখি, ইবুংঙো নংগী নোংদম্না ঐনা নিংজবসে থুংজরে হায়না খুরুমতুনা কপচখি । মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনা পুবকপা থৈবোংতুনা মূর্ত্তি তরুক শারে, অহানবদা গোপিনাথ, গোবিন্দ, মদনমোহন, নীত্যাইনন্দ, আদ্বৈত অমসুং বীজয়গোবিন্দ । কাইনদগী পুরকপা থৈবোংতু ইবুঙোং ৬ অসি নিৰ্পন তৌরে । ইবুংঙো ৬ অসিগী নিৰ্পন তৌখিবা মতমদি হৈস্নামগী খুঙমনা চৈথবা কুমদনি । লাই ৬ অসি শাবা লোই-রতুনা অভিষেক তৌনবা থৌবাং তৌরে । শক ১৭৭৫ তা হিয়াংঙৈগী শুক্লা দ্বাদশী ইবাই মুমিত্তা ইবুংঙো ৬ মক পুন্না অভিষেক তৌরে । অভিষেক তৌরবা তুংদা আনন্তশাই পুনসিবা কৌশিন্দুনা অহৌবসু ওইরবা অরোইবসু ওইবা মীংনা বিজই-গোবিন্দসে আনন্ত শাই পুনসিবদা শীন্নখ্রে । হঙোইবমগী চুড়াদা মদনমোহন শীন্নখ্রে অরাম্বম সিদন্তদা নীত্যাইনন্দ শীন্নখ্রে । কালা রাজ নিংথৌখোংদা গোপীনাথ শীন্নখ্রে । লমাংদোং চন্দ্রদা আদ্বৈত শীন্নখ্রে, হায়রিবা মূর্ত্তিশিংশি মফম্-মফমদা লোইনা লেংখ্রে ।

আনন্তশাই পুন্সিবা মন্ত্রিবু ভাগ্যচন্দ্রনা কৌশিল্লকই, মনাই অতৈ পুম্নমকসু কৌশিন্নে অনুম্না মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনা ময়ামদা শ্রীবৃন্দাবন্দা ইবুংঙো ইবেম্মনা শান্নখিবা মহারাসপু মনিপুরদা শান্নবা পাম্মী । ইবুংঙোনা শান্নখিবা লিলা খুদিংমক রাসতা নত্তনা মনিপুরদা শান্নবা পাম্মী । মসি থেক্লনবা আনন্তশাই

পুন্সিবদা শীন্নবীযু হায়না হায়জখি। আনন্টশাই পুন্সিবনা মহারাজ ননাই ঐহাক শিঞ্জগে অসুম্না ভাগ্যচন্দ্রদা হঙ্গৎচখি । আনন্টশাই পুন্সিবা মন্ত্রিনা আখামগী দাস সিদন্ত, ঙাংবমগী রুপচন্দ্র, খুম্বোং সিদন্তদা জগোয় অসি থোক্লনবা গোপিশীংগী জগোই তম্বীনবা শিন্নখি। আখামগী দাস সিদন্টনা হায়জরকই, মসিগী ইবুংঙোগী মান করম হাইনা শেমশিগে হায়না আনন্টশাই পুন্সিবদা হংজ-রকই । পুন্সিবনা মখূত্তা তা পায়তুনা থেঙ্গৌরোন মাপন চোং লকই । থেঙ্গৌরোন মাপন্দগী ইবুংঙোগী মান চোংননবা শেমখ্রে অতুদা নত্তনা তানসু শেমখ্রে গোপিশিংনা শাগদৌবা জগোইনা লৈমা জগোইদগী শেমদোকখ্রে । আখামগী দাস সিদন্ট অমদি ঙাংবম রুপচন্দ্রনা জগোই তম্বীবা হৌরক্লে। রুপনা ভাগ্যচন্দ্রদা হঙ্গৎলকই, ইবুংঙোনা থোনগদৌবা নত্তবরবেশ অসি কনাদা শিন্নবিনি। ভাগ্যচন্দ্রনা ভানুমতি মহারানী কৌশিন্দুনা মহাক্কা লোয়নবী শিঙ্গার ক.বী ময়ামদা ইবুংঙোগী ফিজোলগী মরমদা শিল্লু হায়না শিন্নখ্রে । মতুগা লোয়ননা মহাক্কী শিঙ্গার পালা গোবিন্দনা থোন্নবা শেম শাবা হৌখ্র । ভাগ্যচন্দ্রগী মঙলান্দা উখিবা ইবুংঙোগী মত্তবরবেস অসি মনিপুরদা ফংবা ঙাক্তনা শেমখি । রাস তম্বীবা লোইরতুনা শান্নবগী মুমিৎ লেপপলক্রে । শোক ১৭৭৬ হিয়াঙ্গৈগী পুর্নিমা মেরা রাফুকপা মুমিত্তা শান্নবা হায়না লেপনরে। মসি ব্রজবৃন্দাবন্দ শান্নখিবা মহারাসকী মুমিৎনি রাজেশ্বরীদি কনানা শাগনি হায়না ময়াম্না খন্নরকই। আনন্টশাই পুন্সিবনা শিজলাই ওইবীনা রাধা শাহল্লসি, মরম করি হায়বগে?

ময়ামস্থ য়াম্নরে । রাসকী য়ৈননবা পুংদি ভাগ্যচন্দ্রগী মনাই অচানবা হাও চাওবদা, চাওবাউরাংমৈ ওইরবস্থু রাং ওইরবস্থু মতেক অনিদংদি নং থিয়ুদনা । হাও চাওবনা মাগী খুল নুংবদা চংখিত্নুনা রাং মতেক অমগা, পুরক্তুনা ভাগ্যচন্দ্রদা বংলরে । পুং অদু বংদেস কৌবা আসামদগী লাকপা পুং অমা লৈরম্মী । মদু য়ৈবা য়াত্রত্নুনা ভাগ্যচন্দ্রনা তাক্নুনা পুং শাবা হৌহল্লে । পুং শাবদি শাপ লক্কম্না শারম্মী । মরু-মনাও খাইশ্রে, পুং তিংবা লোইরত্নুনা পুং পুথোকখি । তানগী অমুক খন্নরক্লে । ভাগ্যচন্দ্রনা খুম্বোং সিদন্টা কৌশিল্লে তান শেম্মু হায়বকই । সিদন্টনা ধাতু ১২দগী লৌত্নুনা রাস য়ৈননবা তান তরানিথোই শেম্লে । গোরতান্দি প্রকৃতিদগী লৌত্নুনা শেঞ্জম ময়াম কৌখত্নুনা হৈহল্লে, মন্দিলাস্থু হৈহল্লে, মরিশুবা প্রকৃতিদগী মওং লৌত্নুনা পাল্লে । ভাংরমগী রুপনা আজামেরীদগী লৌত্নুনা কেকয়েৎ অ'চোবা অমা পুথোকশ্রে । খুম্বোং সিদন্তনা কোকয়েৎ মচা অমস্থু পুথোকখে । খুম্বাং সিদনতনা তুং ইল্লি । বাসকী পুং য়ৈবসি ভাগ্যচন্দ্রমক্তা য়ৈবনি নুমিৎ অসি কায়দনা হিয়াঙ্গৈগী পর্নিমাদা লংথবানগী চীংথক্তা রাসমন্দলদা ভাগ্যচন্দ্রনা মহারাস অসি শান্ন-খি । মোইবুংদি ভাসকরন্না থোংখি । অসুন্না রাস অসি কংখি ।

চহি অমুক ওল্লকপদা মনাইশিং কৌশিল্লগা করোবস্থু কৌ-শিল্লি । আনন্তশাই পন্সিবগা তান্নত্নুনা রাশেশ্বোরী নিপ'ণ তৌনবা খন্নখ্রে । কাইনাদা চত্নুনা চীঙ্খে পাংনা নেম্না হৌবা

থৈবোং অদু য়াল্লগা উকক অনি থোক্লা কল্লগা উঙামদা পুর-কুনা লংথবান্দা রাশেশ্বোরী নির্পন তৌখি । উকক অমনা "অনুপ্রভু" ওইনা নির্পণ তৌখে । রাশেশ্বোরী অনুপ্রভু অনীমকপু আভিষেক তৌখ্রে । ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা লাই ৮ নির্পণ তৌখি । অমুক্কী রাস শান্নরকপদা রাশেশ্বোরীনা শীজ-লাইওবী তোক্তুনা রাস য়াওখে । রাস অদুদা থোক্লনবা শেম্বা ফীজেৎ-লৈতেংবনা খুম্বোং সিদনতনা শেমখি । ভাগ্যচন্দ্রনা হায়রকই ইবেম্মা রাশেশ্বোরীদি স্না অহিংবা মচু মানবনি করম-হায়না তৌশিগে হায়না খন্নবকপদা, আননতাশাই পুনসিবনা ভাসকবনবু বেঙ্গলসেমদা চৎহনখিদুনা কোলুকোম্পাক ইবেম্মগী মায-হকচাং পুন্নমক য়োম্লনবা শেঙ্গুম ময়াম্না শেমদোক্তুনা স্না অহিংবা মচু মালহলখি । অমুক্কী চহীদদি রাসতা সংকুত্তন য়াওবা হৌখে, আখামগী দাস সিদনতনা ঈশৈ শকখ্রে । মনাই ময়ামগা পালা শেমদুনা ভাগ্যচন্দ্রনা পুং য়ৈখি । অদুগা খুম্বাং সিদনতনা তুং ইনখি । মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনা মেরাগী পুনিমা নুমিত্তা পুং য়ৈরুবা হন্দোরকপদা সার মন্দলদা সিজ লাইওইবিনা রাসকী মকোক চৎলগা গোপীশিংনা কোইশল্লপা তাঙ্গাদা ইবুংঙো ইরেম্মা শ্রী গোবিন্দ রাশেশ্বোরীনা ময়ায়দা জুগোল রুপ ওইনা লৈবদু ঊরকপদা মথুং থাংগৎলগা জগোই শাজখি মশা পুম্নমক্তু শিন্নরকপা পীরাংনা পুমচোৎ চোৎখি । লৈমায়থক্তা কোঙয়াং চৈশু তাবগুম বাম্বদুনা লৈপ্রে । আননত-শাই পুনসিবা খেমা পণ্ডিতনা ইবুংঙোবু (ভাগ্যচন্দ্রবু) খুজেং

পাংলোইননা চিংখৎখি। মখুৎ অনি লোম্নরগা অস্থুমা হায়খি, ইবুংঙো নংগী নন্তবর বেশ খোনবা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী জুগোল রূপশি পুন্সিগী অয়োইবা মতম্দা উহনবীয় হায়দুনা নোং খোঙবগুম কপচখি। অদুদগী অমুক থোক্কলুনা চিংথক্কা লোপ্লগা রাসপু য়েংজখি। অদুদগী লংথবাল কুঞ্জ অমস্থুং চিংনা কজখিবা দশ্যদু ভাগ্যচন্দ্রনা য়েংজখি। শরতকা থাজনা থাজনা য়ৈরকপা মতমদা চিংথক্কা হৌরিবা হৈপাল-লৈপাল খৈবেংনা পরেং পরেং হৌবা উখ্বালনা পংতি পংতি হৌবা লৈহাও লৈরেল আগ্নিনা ফুগাই ফুগাইনা শাংপা উরিরেনা লৈহাওদা য়েংলা য়েংলগা শাংপা মাধবিনা পরেং পরেং শাংলিবা লৈরাংশিং অদু ইন্নুং ঙাল্লগা শংপা ঙাক্কনি অদুব মুমিত্তুদগী ইবুংঙোগী রাস হৌবা মতমদু-দগী শাংখ্রে। কুঞ্জদা হৌবা থম্বাল থবোস্থু ফুগাই ফুগাইনা শাংগ্রে চুমিদাং অদুদা খোইংশিংগী পংতি পংতি পাইদুনা লৈহি চুপখি। মতম অদুদা কোকিলস্থু খোংখি। চেক্লাশিংস্থু অমুবা, অঙাংবা, নপু অশংবা মচুশিংনা পামেল মথক্তা তোংখি। থোকইবা থৌ-দোকশিং অদু খেমা পণ্ডিতনা কলম পাইদুনা ইশিনখ্রে। শুভ ফম্বি মাইকৈদা অনঙশাইগী মনওনপী তোম্বীসনানা মকোক ফমখি। চন্দ্রনাভাগ্য য়েংবা মতমদা ইবুংঙোনা মান শাবক্ত উখ্রে। জগোই লোইশন্নকপা মতমদা ইবুংঙোনা থারো থরো ওন্দুনা কপচখি।

থুম্রাকপম দামুনা লাইরিক খিখি, অদুগা পুঞ্জম্ম চাওবনা লাইরিক হায়খি। লাইরিক খিবা হায়বা অসি মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী হাক্তক্তগী চৎনবা হৌখি। শ্রীবৃন্দাবন্দা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা

থুপত্রিভৈদা যমুনাগী মপান্দা ছিয়াঙ্গৈগী পুর্ণিমা রাযুকপা নুমিত্তা শাম্নখিবশি মহারাস কৌই। অসিগী মতুংদা বৃন্দাবন অসি ইবুংঙোগী লীলা লোইশিনখিত্নুা ইবুংঙো ইবেম্মস্ত থুপত্রে বৃন্দাবনশি জঙ্গল ওইখ্রে। গৌরাঙ্গনা আবতার লাকপা মতমদা বৃন্দাবন্দা লোকনাথ ভুর্গবা অমস্তুং শোই গোশাই ময়াম থাত্নুা বৃন্দাবন অসি অমুক শেমগৎখিবনী। অদুগী মতুংদগীদি রাধা কৃষ্ণ অনিবু নির্ণণ তৌত্নুা রাস শাহবা অসি ভারতকী মন্নুংদা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগা হাক্তত্তুনা ইহান হানখি।

ভাগ্যচন্দ্রনা মতম অদুগী পণ্ডিং লুখাই থোংবা হিমাইবা অমস্তুং রাংগোই খেমানে আনন্দশাই পুন্সিবা, পাঙম্বম উমা অমস্তুং করোব, আখামগী দাস সিদন্ত, ঙাংবম রুপচন্দ্র অমস্তুং খুম্বং সিদন্ত তমস্তুং সাপা লোখোল, ভাস্করন কাত্তাগীমচা লাবৈনচন্দ্র, মধুচন্দ্র, চৌরজীৎ অমস্তুং কালাবাজ হংঙোইবম চুরা, অরাম্বম সিদন্ত চন্দ্রনচিংবা মতম অদুগী লৈপাক ও কপা অঙম-অথৌ পুন্নমক তান্নত্নুা মনিপুরগী চৎনবোল অমস্তুং গোবিন্দগী ফিশেৎনচিংবগী নিয়ম মথাগী অস্তুম্না শেমত্নুা থম্বীরম্মী।

গোবিন্দগী ফীজোন অমস্তুং ফীজেৎ :—

১। একাদসি নুমিত্তা অঙাংবা থোনবা।
২। দ্বাদশি ,, অঙৌবা ,,
৩। ত্রয়োদশি ,, শংবাম্নবা ,,
৪। চটুরদশি ,, কোম্নারোং ,,
৫। পুর্ণিমা ,, অঙৌবা ,,
৬। থাশি ,, অমুবা ,,

গোবিন্দ অসি মন্দিরদগী লেংথোক লেংশিনগী মরম।

১। রাস খুদিংদা মাঙোব য়েনা লেংলগা রাস শান্নগনি।

২। জলকেলি অমসুং ঝুলোন মণ্ডিবদগী লেংথোকনি।

৩। চন্দোল যাত্রা হায়বদি অক্ষয় ত্রিতিয়া অসিদি মণ্ডিরগী রাং-মা লান্না হায়বদি মাঙব য়েনা লেংবা য়াদে। রাস জলকেলি অমসুং ঝুলোন অহুম অসিনত্তনা কবিগুম্বা থোদোক অমত্তা মণ্ডি-রগী রাংমা লান্না লেংথোকপা য়াদে। অদুবু মণ্ডির শেম্বগা তঙাইফদনা লেংথোকপা তারবদি লেংবা য়াই অসুম্না লেপনখি। রাকম পুম্নমক অসি মনিপুরগী ওইবা চৎনলোন ওইগদবনি হায়না ময়াম পুম্নমক লেপনখি। অদুগা বিজয় গোবিন্দসি অহৌবসু অরোইবসু মহাক্কি অদুদগী লাই অসিগী মিংবু বিজয় গোবিন্দ কৌবনি মসিগীদি চহি কুমজা খুদিংগী হিয়াং তান্নতুনা হৈগ্রু হিদোংতুনা হিযাং কুম্মৈ তৌগদৌবনি হৈগ্রুসু কৎকদবনি নুমিত্তি লাংবনগী একাদসি নুমিত্তনি। মসিদা ইবুঙো লেংথোকউ হায়না ভগ্যচন্দ্রনা অনন্তশাই পুক্সিবদা শিন্নখ্রে। অঙম-অথৌ ময়ামসু য়ান্নখ্রে।

মতাং ভানিদ, পাংম্নম করোয়না ইবা গোবিন্দ পুরানগী মতাং শোইশিনখ্রে। ১৭৭৮ হৈসু ম খুঙম্না চৈথ.বা কুমনি।

# কাংগী জয়দেব ঈশৈ

——–:O:–——

দশ অবতার

১। প্রলয পযোধিজলে ধৃতবানসিবেদম বিহিত্যহি ত্রচরিএমখেদম
কেশব ধৃত মীনশরীর জয়জগদী শহরে ।।

২ । ক্ষিতিরতিবিপুলতরেতিষ্ঠতি তবপৃষ্ঠে,ধরনিধরনকিনচক্রগরিষ্ঠে

কেশবধৃতকূর্ম্ম শরীর জয়জগদীশ হরে ।।

৩। বসতিদশনশিখরে ধরনীতবলগনা শশিনি কলঙ্ককলেব নিমগনা
কেশবধৃত শূকররূপ, জয় জগদীশ হরে ।

৪। তবকরকমলবরনখমদ্ভু তশৃঙ্গম, দলিতহিরন্যকশিপুতনৃ-ভৃঙ্গম
কেশবধৃত নরহরিরূপ জয় জগদীশ হরে ।।

৫। ছলয়সি বিক্রমনে বলিমদ্ভু তবামন পদনখনীজরনিত জনপাবন
কেশবধৃত বামনরূপ জয় জগদীশ হরে ।।

৬। ক্ষত্রিয়রু ধিরময়েজগদপগত পাপম স্নপয়সিপয়সিশ মিতভব-
তাপম ।
কেশবধৃত ভৃগুপতিরূপ জয় জগদীশ হরে ।।

৭। বিতরসিদি ক্ষৃবনে দিকপতীকমনীয়ম দশমূখমৌলিবলিং-
রমনীয়ম ।

কেশবধৃত রামশরীর, জয় জগদীশ হরে ।।

৮ । বহসিবপুষিবিশদেবসনং জলদাভম হলহতিভী তিমিলিত যমুনাভম

কেশবধৃত হলধররূপ, জয়জগদীশ হরে ।।

৯ । নিন্দসি যজ্ঞবিধেরহহশ্রুতিজাতম, সদয়হৃদয়দর্শিত পশুঘাতম ।

কেশবধৃত বুদ্ধশরীর, জয়জগদীশহরে ।।

১০ । ম্লেচ্ছনিবহনিধনেকলয়সিকরবালম, ধূমকেতুমিবকিমপিকরালম

কেশবধৃত কল্কিশরীর, জয়জগদীশহরে ।।

১১ । শ্রীজয়দেবক বেরিদমুদিতমুদারম শৃনু সুখদংসু ভদংভবসারম

কেশব ধৃত দশবিধরূপ জয়জগদীশহরে ।।

বেদানুদ্ধরতেজগন্তিবহতে ভূগোলমুদ্বিভ্রতে,

দৈত্যংদা রয়তেবলিং ছলয়তে ক্ষত্রক্ষয় কুর্বতে

পৌলস্ত্যং জয়তে হলং বলয়তে কারুন্য মাতন্বতে,

ম্লেচ্ছানমুর্চ্ছয়তে দশাকৃতিকৃতে কৃষ্ণয়েতুভ্যং নমঃ ।

# কৃষ্ণরূপে

ধৃতকুণ্ডল।

শ্রিতকমলা কুচমণ্ডল ধৃতকুণ্ডল কলিতললিতবনমাল।

(হে হরি) জয় জয়দেব হরে। ধ্রু ॥

দিনমনিমণ্ডলমণ্ডণ ভবখণ্ডন মুনিজমানসহংস। কালিয়বিষধর-গঞ্জন জনরঞ্জন যদুকুলনলিনদিনেশ।

মধুমুরনরকবিনাশন গরুড়াসন সুরকুল কেলিনিদান ॥

অমলকমল দললোচন ভবমোচন ত্রিভূবন ভবননীধান জনক-সুতা কৃতষন জিতদুষন সমরশমিতদশকণ্ঠ ॥

অভিনবজলধর সুন্দরধৃতমন্দর শ্রীমুখচন্দ্রচকোর। তবচরনে প্রনতাবয়ামতি ভবয় কুরু কুশলং প্রনতেষু ॥

শ্রীজয়দেবক বেরিদং কুরুতেমুদং মঙ্গলমুজ্জলগীতি।

গোবিন্দ গোবিন্দ হরে মুরারে গোবিন্দ গোবিন্দ মুকুন্দ কৃষ্ণ গোবিন্দ গোবিন্দ রথাঙ্গপানে গোবিন্দ গোবিন্দ নম-মিতুভ্যম।

হেহে তদিননাথ দেবকীনন্দন নাথ হরে। কালিয়দমন কমলাকান্ত কেশী মথনমুরারে, হে ব্রজসনাথ, হে গোপীনাথ, গোপীনীকান্ত শ্যামরায় ব্রজজনজীবন, রাসস্থলে রাসরঙ্গে বিহরইসুখে, প্রাণনাথ দীননাথ, মাধব যদব দীননাথ।

# প্রার্থনা

গোবিন্দ হে কৃষ্ণ গোপাল গোপীজনবল্লভ।
শ্রীরাধিকা প্রানধন গোপাল গোপীজনবল্লভ ।।
প্রাণনাথ গোবিন্দ সুন্দর নাগর হে ।
অধমপতিত ভাগ্য নাছাড় কিঙ্কর হে ।।
কতাদে ভাগ্যচন্দ্র দাস চরন শরন হে ।
হা গোবিন্দ রাধনাম রাখহজীবনহে ।।
জগবন্ধুহে ওহে প্রাণনাথ মো অধমেদয়া করহে।
ক পমত দৃষ্টী কব কমলনযান ।।
সংসারবিষয়ানলে দগধে পরান ।।
ব্রজেন্দ্রনন্দনতুমি গোপীকার প্রাণ ।।
কুঞ্জবিহারি নীবিবর ধাবী মদনমোহন মুরলীবদনা।
তং বনমালী বহু শুকসারী গোপীযুবতী মনোহারী ।।
জয় বৃন্দাবাচনাদ হে। মুরলীবাদন গোপীআকর্ষন ।।
পুলীন রাসবিহারি । হেহে রামানুজ যদুকুলেযরাজ হেহে
নিত্যকুঞ্জবিহারি। ধব পৈঢা চূড়াবন্ধন এখনাস বেশকোমা
রাখ্যাছ প্রাণনাথ ।

# লালসা

অহে প্রানবল্লভ হরে, কবে সে ফলিবে এইমনোবথ ।
মুনাপুলীনে সজলনয়ানে, আনন্দেনাচিব প্রেমপুলকিত।।
কদাহং যমুনাতী রেনামানিতব কীর্ত্তয়ন ।
উদবানপ : পুণ্ডীকাক্ষ রচরিয্যামি তাণ্ডবম ।

যাচেত্নজন্ম, শ্রীবিধিউদ্ধব, যাচয়ে মাধর্য্য, দেখিবৃন্দাবন। কলপবৃক্ষলতা, কুঞ্জ পুষ্পবৃত হেন বৃন্দাবন পাব দরশন। শ্রীরাসমণ্ডলে, গড়াগড়িদিব গোপিপদরজ অঙ্গেতেলাগিব। শ্রীব্রজবৈষ্ণব, মুখেতেশুনিয়া যত যেলীলাস্থান আনন্দেদেখিব রাধাকুণ্ডযায়া দণ্ডপ্রনামিয়া, শ্রীরাধা গোবিন্দ, বলিয়া ভূকিপ পড়িবুণ্ডতীরে, গদগদ স্বস্বরে, পতনহইবে প্রকটশরীর ।।

# নিত্যাইপদ

একেবার বলরে নিত্যাই দয়াল নিত্যাই দয়াল নিত্যাই-দেখছিলাই হে নিত্যাই বিনেভাই, রাধাকৃষ্ণ পাইতে নাই, দৃঢ়করি ধর নিত্যাই পায়। যেদেশ নিত্যাই নাই সেদে-শেনযাব নিত্যাইবি মুখজন মুখনাদেখিব।

নিত্যাইপদকমল কোটিচন্দ্র সুশীতল তারছা য়ায় জগপজু জায়।

জয় নিত্যাইনন্দ প্রাননিত্যানন্দ, জয়রেনিত্যানন্দ আমার প্রান নিত্যানন্দ।

বিনাগেল মনহরিভজনা ভজনে, কৃষ্ণভজন হইলনা সাধুসঙ্গ হইলনা।

বল প্রেমসে কহ শ্রীরাধানাথকী জয়।

# প্রার্থনা

হে দেবী নহাক অসে বিষ্ণুমকনসু পুজা তৌরিবিনি নহাক্কী চরন থম্বাল ২ মকপু ননাইনা খুরুমজরি। হে মহেশ্বরী ! হোল্লবা চংজফম লৈজদ্রবা ননাইবু ঙাকপীযু, নহাকপু হন্না হন্না খুরুমজরি। খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকপা শকফমনা মহাক্কী ওইরিবী অদুগা ইরাৎ পুজানচিংবা তৌবদসু খ্বাইদগী মকোক থোংনা তৌফম ওইবীরিবী শ্রীরাধিকা ইবেম্মা নহাক্না বৃন্দাবনধামদা লৈবিদুনা নহাকপু পুজা তৌজরিবা মীপুম খুদিংমকপু বর পীনবীরী, অদুগুম্বী নহাকপু খুরুমজরি।

: — :

# রাধা অষ্টমী ব্রতকথা

( পুরোহিত — দর্পন )

১। শ্রীকৃষ্ণগা নারদগা ঙাংনবা বারিনি।

হে কৃষ্ণ, অয়াম্বা অবতার ময়ামসে ননাই ঐ লোইনা তাজরে। অদুবু শ্রীমতী রাধিকা দেবীগী অবতারগী বারী ননাই

থংজদ্রি অতুনা ঐগীদমক্তা থরা লীবিয়ু । অসুম্না নারদনা হায়রজ-রবদা শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোনা পেনবিরতুনা লিবিখিবা রারিনি ।

হে নারদ খাজবগা লোইননা তারো কুইরবা বারিনি । ভাস্কর দেবনা ( সুমিৎ কৌবা লাইনা ) মন্দরপর্বতকী মরুমদা চহি ১০০০ তপ তৌখি । ভাস্কর দেবগী তপ মতৌ অসি উবদা লাই খিবিক মিপাইবা পোক্লে । মরম অতুনা লাইয়ামশিং অসিনা ইন্দ্রদেবগা লোইননা ঐগী ধামদা থুংঙখি । মরম পুম্নমক ঐঙোন্দা তমখি । লাইশিং অসিনা ফোংদোক্লরিবা রাথলশিং অদুবু ঐনা থঙতুনা মখোইগী চিংনবা পিক্লিক হৈনা কোকহনখি । অতৃগা মখোয় মখোয়গী ধামদা হন্নখি ।

অসিগী তুংদা কৃষ্ণ ঐনা ভাস্করগী তপ তৌরিবা মফম অতুদা চংলে । ঐনা য়োরবদা ঐ লাক্লে হায়বসি মহাক্না খংলে । তপস্যা থাদোক্লুনা থোরক্লগা ঐবু মানা স্তুতি তৌজখি ।

জগৎতা মাগা মান্নবা লৈতবী ইবুংঙোগী প্রেম ময়ী ওইবী অতুগুম্বী ইচাম্নুপী অমত্তং পীনবীয়ু হায়জখি । ভাসস্করদেবনা হায়জবা অতু ঐনা পেল্লতুনা মথংগী মপোক্তা নচা ওইনা ফংজৌ হায়না বর পিখি ।

মতম অমদা মহাভানু হায়না কৌবা গোকুলদা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী । মহাক্কী মচা মুপা মরি পোকই । মখোয় পুম্নমক মতিক মঙ্গল চাওবা ইন্দ্রি খুতুম চনবা অমদি বিষ্ণু নিংবা ঙাক্তনি । মখোয়গী মমিংদি বৃষভানু, রত্নভানু, সুভানু, অমসুং প্রতিভানু

কোই। খ... ...হল বৃষভানু অসি মতিক মগুন লৈরবা নিংথৌ অমা ওইরম্ম

ভাস্কর... ওইবা ধৃষভানু অসি বৈশ্য শাগৈদা গোক্লবস্থু যজ্ঞ কয়া তৌ... অমদি দান তৌবদা অথোয়বা নিংথৌ অমা ওইরম্মী।

ব্রজধা... ...ন্দু হায়ব, অথোয়বা গোপ অমা লৈরম্মী। মহাক্কী নু... ...। হায়বী অসিগী মচানুপা মঙা পোবই। মচা নুপীস্থ অহুম ...ক...। মথোয়দুদি :—ভানুমুদ্রা, কীর্ত্তিমতি অমস্থং অতোনবী অ... ...দি কৌই। মুখরা হায়বী অসিগী মচানুপী অতোনবী কী... অসি বৃষভানুগা লুহোংই। কীর্ত্তিদা হায়বী অসি পুকচে... ...ওবী লমচং ফজবী অমা ওইবনা বৃষভানুনা মাবু য়াম্না চানলি। ম... ফনা কুইনা লৈরবা তুংদা ক...ওবা মমিংতা মচা অমত্তা উবা ফং...কত্রে। মতুংদা পুণ্যতীর্থশিং কয়া চংতুনা লুপচরে। অ...সগী তুংদা লাংবনগী নিশাননী পাববা বিশাখা নক্ষত্রগী নুমিৎ য়ুংবা মতমদা গুন পুম্নমক্লা তিনবী শ্রীমতী রাধিকা বৃষভানুগী তপস্যাগী ফলনা ফংজখি।

রাধাহৃদয় ( ব্রহ্মাণ্ড পুরান )

২। ব্রহ্মানা অঙ্গিরা ঋষিদা লিখিবা রারিনি।

মহারাজ বৃষভানুনা বেদ পুরা নিংথিনা হৈরবা মুনিশিংদা যাগ যজ্ঞনচিংবা কয়া অমা মচা ফংনবগীদমক্তা তৌহল্লে। মতুদস্থ মচা ফংবা ঙমখিদে।

মমৈথংদা বৃষভানুনা মহাক্কী নুংশিজরবী কীর্ত্তিদানা মহামায়া কাত্যায়নী পুজা তৌজরবদি নিংবা পুম্নমক থুংই হায়না হৌদোকচরকই। বৃষভানুনা খিন্দনা গোবর্দ্ধন হায়বা অথোইবা চীং অতুগী মনাক্তা লৈবা বন্দা তপস্যা তৌখি।

ইন্দ্রিবু খুতুম চনবা ঙমলবা বৃষভানুনা চহি ১গী মনুংদা থা অনিনা উহৈ চাতুনা, থা অনিনা ঈশিংদা থকতুনা, অতুদগী নুংশিত্তা চাতুনা লেপলম্মী। মসিদা দেবীনা আকাশবানি তৌরকই হে বৃষভানু! হরিনাম তাদ্রিবা নাকোং অতু অশেংবা নাকোং ওইদ্রি। হরিনামবু মতম পুম্নমক্তা শকচৌ শোনজো। মরম অসিনা গুরুগী মফমদগী হরিনাম মন্ত্র লৌরগা সাধন তৌরবদি নংনা নীংবা থুংগনি। অসুম হায়বা দেবীগী আকাশবানী তাবদগী মহারাজ বৃষভানুনা পুন্যগী মশক ওইরবা বিবজা মহামুনি ক্রতুদগী হরিনাম মহামন্ত্র ফংজখি। হরিনাম অতু জপ তৌনবা নিয়মস্তু তাকপিখি।

বৃষভানুনা ক্রতু মুনিবু পুজা তৌতুনা খুরুমলগা মহাক্কী য়াথং মতুং ইন্না কালিন্দী যমুনা তুরেনগী মপান্দা লাকতুন অসিগুম্বা অথোয়বা মন্ত্র অসি জপ তৌখি।

মতম কয়ামুক লেল্লবা তুংদা মাইথোংনা থম্বালগী মশককুম্না ফজবী জগৎ পুম্বগী মমা ওইবী কাত্যায়নী দেবীনা পেনবীরতুন বৃষভানুগী মমাংদা লেপপিররে। মতু উবদগী মহাক্না মখুৎ লোম্না জতুনা স্তব তৌর তৌরতুনা য়াম্না নোল্লুকপগা লোয়ননা মকোক নোংদুনা খুরুমজরে।

হে জগৎ পুম্নমক্কী মমা ওইবী ইবেম্মা অসিগুম্বা নহাক্কী শ্রীমূর্ত্তি অসিবু ননাই ঐনা হম্না হম্না থুরুমজরি। হে ভুবনেশ্বরি! ননাই ঐহাক্কী য়াম্না তোম্রবা ভক্তিস্থ খংজদ্রবা অপংবা মীশক অমনি। নিংথৌ বৃষভানুনা মহাক্না নিংজবা থুংলত্তুনা মখুৎ লোম্নত্তুনা হম্না হম্না ভক্তিগা লোইননা পুজা তৌত্তুনা লৈরে। মত্তু উরগা দেবীনা পেনবীরত্তুনা নংগী অপাম্বা বর নিজরো তাকপিরে। ইবেম্মা নহাক্কী মীপুম খুদিংমকক্কী থম্মোয়গী মশক খংবীবনি। অত্তুনা ননাই ঐনা নিংজরিবা অসি থুংহনবীযু হায়না হঙ্ৎচখি।

জগৎকী মমা ওইবী কাত্যায়নী দেবীনা বৃষভানু নিংথৌগী ভক্তিগা লোইনবা অসিগুম্বা রাহৈ অসি তাবদা মুমিৎকী মঙালগা মান্নবা "মরুম" (ডিম্ব) অমা নিংথৌ মহাক্কী মখুত্তা শিন্নরম্নগা মাংথোকখ্রে অত্তুগী তুংদা নিংথৌ বৃষভানুনা মরুম অত্তু পুত্তুনা মপুক্লিং নুঙাইনা ময়ুমদা হল্লকখি। রাজা বৃষভানুনা নিংথিনা ফজরবা মিৎনা মহাককী ওইবী কুচূ কৃমেন্দস্থ সনাগী মচূ মাল্লবী মরম পুম্নমক্তা রাৎত্রবী মাগী বাণীনা মমাংদা লেপতুনা লৈরম্বা অত্তু উখি। মত্তু উরগা দেবীনা পীরকপা মরুম অত্তু মহাককী মখুত্তা শিন্নখি। ভদ্রমাসে সুক্লা পক্ষে অষ্টম্যাঞ্চ শুভেদিনে, আবিরাসীৎ কলাবত্যাং স্বয়ং রাধা হরে প্রিয়া। ঙাওঙ্গানবা নোংথ্বাংগী মচু মানবা কুচূ ওইবী কোকথক্তা সনাগী মচুগী লুহুপ উপপী, হকচাং পুম্নমক নিংথিজবদা মপা লৈত্রবী ফজবা ঋিজেংনা লৈতেংবী দেবী অসিনা মমা ইবেম্মগী তম্পাক্তা ঙানথোইত্তুনা লৈররে। পোল্লকপা মতমদা মহাক্কী হকচাংদগী থোন্নকপা মঙাল্তুনা

মরোল অল্লুম্মকপু পুংভান ভানবী, অতুগুম্বা মচা অতুবু কীর্তিদানা উরগা মহাক অসে ঐখোয়গী ইচা নত্তে, ব্ৃষভানু নিংথৌনা আরাধণ তৌজরুবা জগংকী মবেম্মা " অম্বিকা ,, মকনা ঐখোয়-গী ইচানুপী ওইনা ফাওবিরক্লবনি হায়না খঞ্জখি। কীর্তিদা রাণীনা মরম পৃম্নমক ব্ৃষভানু নিংথৌদা খংহনখি। পাও অসি তাবদা নিংথৌতুসু মপৃক্লিং য়াম্না হরাওনা ভগবান্না পেনবিনবা হায়তুনা মথল মখা অয়াম্বা সনা লুপা মনি মৃক্তা ফিবোল মমল য়াম্নবা পোৎ খিবিক মাগী/মাগী মতিক্কী মতুং ইন্না দান তৌখি।

মহারাজনা মরুপ মপাংনচিংবগা লোইননা ইমৃং মন্নুংদা চংলকপা উবদা কীর্তিদা মহারাণীনা মপৃক্লিং য়াম্না হরাওনা হায়জরকই হে মহারাজ ! নহাককী মীনা তৌবা ভমদবা সাধন তৌজবা মরম্না জগৎ পৃম্নমকপৃ শুমহৎপা ভম্বী দেবী অতুনা নহাককী নচানুপী ওইনা পোক্লরবা অসিনি। ব্ৃষভানু নিংথৌনা হায়রকই হে মিৎতা নাতা ফজবী, ফজরবা ফিজেৎনা লৈতেংলিবী নহাকসে কনানো ?

দেবীনা নিংথৌদা হায়রকই - হে ইপা ইবুংঙো ঐহাক অসে নারায়নমক্তা চংজবা অথোইবা ঈশ্বরগী শক্তি পৃবীনি হায়না খংবিয়ু। তপ তৌবদা থোইদোক্লবা বিষ্ণু ফাওবনসু ঐহাকপৃ আরাধানা তৌই। ঐনা জগৎ পৃম্নমক অসি শেমই, ভাকই ১সুং প্রলয়সু তৌই। মীপৃম খুদিং নিংলিবা অতুগী ফল পীনবী অসি হায়তুনা রূপ মথল কয়া উৎলকলে।

(১) মহেশ্বরী, (২) বিষমভর, মৃর্ত্তি, (৩) বিশ্বরূপ,

(৪) শ্ৰীকৃষ্ণগী রূপ অসিনচিংবা মথং মথং উৎলকলে। মসি উবদা বৃষভানু নিংথৌনা হায়জরকই হে ইবেম্মা ! নহাক্কী নমিং শকতম অমসুং গুনশিং অসি থাদুনা লোইবা ভমলরোই। অদুনা ঐনা পামজবা রূপ অদুদা দর্শন পীনবীয়ু। বৃষভানু নিংথৌনা অসুমনা হায়জরবদা শ্ৰীকৃষ্ণমকপু শুমহৎনবগী মশক ওইবী রূপ অমা পুথোকপিরকলে। অদুগী তুংদা মতিক মগুন চাওরবা বৃষভানু নিংথৌনা লাইবিক লাইশু য়ান্না হৈরবা ব্ৰাহ্মনবু নৌনা ফংজবা মচানুপীগী পোকপগী হৌনবী পুজা পুন্নমক তৌহল্লে।

থোইদোক হেন্দোক্লা পুজা তৌনফম থোক্লবা ইবেম্মা অসি বৃষভানু নিংথৌনা অচেৎপা তপস্যাগা লোইননা পুজা তৌজখিবা আরাধনা অদুগী ফলনা ফংবা মরমদগী মহাককী মমিং অসি "রাধা" অসুম্না থোনখরে।

# রাধা জন্ম অষ্টমী

( শ্ৰীব্ৰহ্মবৈবৰ্ত্ত পুরানম )

৩। নারায়নগা নারদগা ভাংনখিবা বারিনি। বৃষভানুনা মচা ফংজনবগীদমক্তা তপস্যা কয়া তৌদুনা লৈবা মতমনি। নোংমগী নুমিত্তা বৃষভানুনা যমুনাদা কুমদুনা স্নান তৌদুনা লৈরিঙৈদা মফম ইথং খংহৌদনা চাওরবা ফজরবা থম্বাল অমা তাওথরকই। থাম্বল অদু মানা য়েংবা মতম অসিদা অঙকপগী মশক ওইবী মঙাল

ত্রিনবী, জগৎ পুম্নমকপ, শুমহৎনবগী মশক ওইবী নুপীমচা অমা য়াওবা অহু উরম্মী। বৃষভানু নিংথৌনা থম্বাল অহুগা কোম্নবা অঙাং অহু লৌথৎচরে অহুগা মফি মরোল ইচোৎ-চোৎনা ময়ুম তাম্না লাকলে। হায়রিবা থম্বাল অসিগা কোম্নবা নুপীমচা অহু কৃত্তীদা মহারাণীদা পিররে। মতম খরদংগী মনুংদা হায়রিবা নুপীমচা অসি অঙকপা ফংনা ফজবী অঙাং নুপীমচা অমা ওইরে। বৃষভানু মহারাজগী নিংথিজরবী মচানুপী পোকলে হায়বা তাবদা ফজনা ফিজেৎ লৈতেংলবী জগোই শাবিশিং অমদি ঈশৈ শকপী-শিং অসিনা মানা মানা হৈবা ঈশৈ শকুনা জগোয় শাহুনা অঙাং অহুবু থাগৎপগী রাহৈ কয়ামরুম অমা শকনখি। মহু উরগা বৃষভানু নিংথৌনা অরাধনা তৌজবগী ফলনা ফংজবনি হায়হুনা ইবেম্মা অহুগী মিংবু রাধা অস্নুম্মা থোনখি।

## রাধাগী মপোক্নি

রামানন্দনা যমূনা মপান্দা শ্রীগৌরাঙ্গদা লীখিবা রারীনি। মহাভাব চিন্তামনিগী শরু কামথোকখিবদা থম্বাল ওইনা গদাবরী তাখি। তাওথখিবদা বড়িয়াল নিংথৌ বৃষভানু নিংথৌনা য়েং-নরুহুনা লৌশিল্লগা মাগী নুপী কৃত্তীদাদা পিখি। কৃত্তীদানা কৌরীগী চফুদা হাপহুনা থমখি। থা ৬ কাওরুরে লাংবন থাদা নিংশিংলক্কুনা পম্মনি য়েংঙুবদা নারাকারমী ওয়মে। মমিস্তি রাওদে মমৈদা মশোদা কৃষ্ণ গোপাল মমা মচানা কৃত্তীদা অঙাং পোকপগী পোৎ য়েংবা লাকপদা শ্রীগোপাল দেবনা অনুরাধা

পদ্মনি নাল্লুবদা ইবেম্মা মমিং য়াওরে পাংখরে মতম অদুদা ইবেম্মা অনুরাধানা শ্রীকৃষ্ণদা প্রার্থনা কংখি, হে ইবুংঙো নংগী শ্রীমূর্ত্তী উত্রিবা মখৈ অদুম্বা পোংশক উজখিরোই হায়দুনা মিং পাংজদবনি হায়না শ্রীকৃষ্ণদা প্রার্থনা কংখি ।

শ্রীমতি রাধাগী মপোক অসি অদুম খোল্লা থেংনৈ । মদুদি থাঙ্গৈশেংবা প্রকৃতিনি অকোনবদা আপ্রকৃতি ওইরকপনি জগৎ সংসারদা লৈরিবা জিব পানবা পুম্নমক অসি প্রকৃতিগী মগুন ঙাকুনি । (১) লৈপাক, ঈশিং, মঙাল (মৈ), নুংশিৎ, আকাশ ভাতা মঙা অসিনা তাইবং পানবা মীওইবগী হকচাং শারি । মদুদি শংদাং, শব্দ, উনশা ১স্নং শিংলি মঙা অসিনা তাইবংপান হায়বদি পৃথিবীগী গুন্নি । (২) ফম্বী, লোক, ঈ, থী, য়ুং, মঙা অসিনা ঈশিংগী গুন্নি । (৩) অরাম্বা, তুম্বা, নোকপা, অকাওবা (ভুম) ১স্নং অতনবা মঙা অসিনা মৈগী গুন্নি । (৪) হৌদোকপা, চৎপা থাদাবা গুপচনবা ১স্নং চাবোকপা মঙা অসিনা নুংশিৎকী গুন্নি । (৫) অপাম্বা (কাম), অশাওবা, খৌরাংবা, ঈকায়বা ১স্নং গুম-ইৎপা মঙা অসিনা আকাশকী গুন্নি ।

প্রান মঙাগী মমিং ১স্নং লৈফম ।

(১) প্রান (২) অপান (৩) সমান (৪) উদান (৫) ব্যান, মঙা অসিনি । প্রান বায়ুনা হৃদিদা অপান বায়ুনা শৌজথোংদা, সমান বায়ুনা থোইদৌদা, উদান বায়ুনা কন্ঠদা ১স্নং ব্যান বায়ুনা হকচাংগী মফম পুম্নমক্তা শিন থুংনা লৈ ।

মীওইবনা তুম্বা কান্দা ব্যান কৌবা মুংশিং অসি সংসারদা শীংলিবা মুংশিংকা পুম্ন্ব্ই মওম্ম মওহল্ল্ব্ই মীৎকপ থোক্কে হেক্ক তৌবদা ব্যান কৌবা নংশিং অসি হকচাংদা চোংশিল্লকই অদুগা তুম্লিবা মী অদু মীকপ থোকহল্লি। ব্যান কৌবা নংশিং অসিনা চোংশিল্লক্ল্ববদি মী অদু অশিবা হায়বদু ওই। মরম অদুনা তুম্বা হায়বসি অশিবগী পাংখক্কি হায়বসি থোইদোক্লা লানকম থোক্কে। অসিদা নত্তনা মীওইবগী হকচাংদা রস তরা (১০) খক লৈ। বস মথং মথং শেংদোবকপদা অরোইবা তরাম্লবা রস অসি হকচাংগী বসর জনি। খ্বাইদগী লংবা রসরাজ অসি মীওইবগী কোক্তা লৈ। রস হায়বসি মহীনি। মৈতৈনা মহিলেন হায়বম্ম ঘ্লাই। মতুদগী জীবা শেমলবই। ঐখোয়গী মায়াগী হকচাংশিদা ময়াগী নিপা অসিদা সিখিক্তং ওইনা শ্বর চিংশিনবদা মকোক্তা চংখি। চংখিবা জীবা অদু কোক্তা লৈবিবা রস অদুদা চংখি। অমূক প্রকৃতিগী লাংওন্দা মমাদা চংথ্রিবা জীব অদো রস অদুদা তোংতুনা লৈখি। মখোয়না রস অদুদা লৈরগা জীবশিং অদু মশীং লাকওমদনা শন্দোরকই। শন্দোরক্লিবা জীবশিং অদু মী-ওইনা পোকনিংতুনা মখোয় মশেল চীকখাইনতুনা শিখি লেম-হৌবা খরা অদুনা হায়বদি নপা অমদি নূপী অদুদগী লেমহৌবা অদুনা যোগগী মতমদা পুনশিল্লগা মমাগী গর্ভ মনংদা অঙাং ওইনা লৈথ্রে। থা তরা (১০) শুরগা মমাগী গর্ভ মনংদগী থোরকপনি মমাগী মশাদা চংথ্রিবা জীবা অদুনা জীবা আত্মাগী মগুল্লি। মপারোমদগী লাক্লীবা অদুনা পরম আত্মাগী মগুল্লি।

পরমআত্মাদি তুমিম্না লৈ জীব। আত্মানা হকচাংগী কর্ম পুম্নমক তৌই। ইমাগা ইপাগসি খ্বাইদগী লুবা লাইনি। ইমা ইপাগী অয়াবা য়াওদনদি ঈশ্বর নীংবা মতমদা ফংবা ঙমদে। মচা ওইবনা মমা মপা ওইববু লুনা তৌবসি মপোক মপোক খুদিংগী অফবা মঙ্গল ওই। প্রকৃতিগী মগুম্নিনা রাধাসি আত্মাগী মনিনি, জগৎ পুম্নমক্কী গুরুনি।

ইতি।

—:O:—

# विषयानुक्रम

४ - -रास-लीला सिखानेवाले पण्डितों के नाम

१५—कृष्ण को माल-नृत्य सिखाने की कथा।

१६—मृदंग का आविष्कार और उसे बजाने की कथा ।

१७—करताल, मंजिरा और बड़ा पगड़ो का आविष्कार।

१८--रास-लीला में मृदंग बजाने वाले और गाना गानेवालों के नाम।

१९—पाङम्बम पुराण कथा तथा गोविन्द पुराण ।

२०—दशावतार जयदेव गीत।

२१—राधा जन्म तथा नारद-कृष्ण संवाद ।

२२ –यमुना नदी से बृषभानु को कमल का पाना और उस कमल में से एक कन्या का हो जाने की कथा।

२५—रमानन्द और श्रीगौरांग के साथ यमुना-नदी तट पर राधा-जन्म कथा पर वार्तालाप ।

२४—मनुष्यों के आत्मा के निवास-स्थान का वर्णन ।

२५—पंचभूत के बारे में समझाना।

२६—राधा मूल प्रकृति है, जगत गुरू हैं, की कथा का वर्णन ।

२७—माता-पिता के गुणों की कथा ।

२८— "काइना" नाम देने की कथा ।

२९— "भासमुख-गिरि" नाम देने की कथा।

३०— "हैजगाँ" नाम देने की कथा ।

—: 0 :—

